[illegible]

# লাংওন লাংদাই - লাংদাই কাইবিরোন

**মাইচৌ লাংওন**

চিংগু খোংনাং থাবা, চিংগু থেঙ্গ্রা ময়ু অনীনা মৈতৈগু চরাইলোংবগী সনা হাক্তক্কি লাংবচক্কি ৪৮০৭ নোংদাইলাই কুমশিং ১৬৯৯ চৈথাবোল ২২৩ শুবা অশাংবম অরোইগী কুম শকাব্দ ১৬২৮ লম্বুবা মচা মনাওশিংবু লাকয়েন লাংদাই খংজনবা তাকপিথিবা শোইফদবা য়ানে।

ফোংজবা

এম. প্রাফুল্লো (তোম্বা)

থাংমৈবন্দ লাইরেন হজুবা লৈকাই।

ইম্ফাল।

# ꯂꯥꯡꯎꯟ ꯂꯥꯡꯗꯥꯏ [illegible]

# লাংওন লাংদাই - লাংদাই কাইবিরোন

**মাইচৌ লাংওন**

চিংভু খোংনাং থাবা, চিংভু থেঙ্গা মরু অনীনা মৈতৈভু চবাইলোংবগী সনা হাক্তক্কি লাংঘচক্কি ৪৮০৭ নোংদাইলাই কুমশিং ১৬৯৯ চৈথাবোল ২২৩ শুবা অশাংবম অবোইগী কুম শকাব্দ ১৬২৮ লম্বুবা মচা মনাওশিংবু লাকয়েন লাংদাই খংজনবা তাকপিথিবা শোইফদবা ব্রানে।

ফোংজবা

এম. প্রাফুল্লো (তোম্বা)

থাংমৈবন্দ লাইরেন হজ্ঞবা লৈকাই।

ইম্ফাল।

অফোংবা :
মোংবীজম প্রাফুল্লো (তোম্বা)
থাংমৈবন্দ লাইরেন হঞ্জবা লৈকাই, ইম্ফাল ।

লাইরিক অসিবু ফংহনবীরকপা :-
লাইরেঞ্জম মংলেম মৈতৈ
লাইরেঞ্জম অৱাং লৈকাই ।

পুথোকপা নুমিৎ
ইঙাগী ৪ নি পাম্বা লৈবাক পোকপা
১৯/৬/২০০৭

কোপি মশিং : ১০০০



মমল : লুপা ২৫/-

---

নম্ফম : আর. এম. প্রেস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল ।

# ৱাহৌদোক

লৈশেমচৌদগী হৌনা ইহান হান্না লৈবাক অসিদা নিংথৌ ওইনা পানবদি অতিয়া মরু শিদবনি । মহাক্কী নোংদমদগী লাইমিং থোইনা শিন শুবনি । লৈবাক অসিদা ফম্বাল লাংনা ওইথম ফম্বাল লাংবী য়াওনা পানবা হৌখিবসি অতিংঙা য়াইবিরেন শিদবা, লৈশিরেন লৈপুনবানি । মতম অদুদগী নোংদম মরু, কাইবিরোন মরু অনি অনিনা থৌগন্দুনা শরকশিদনা লাকপনি । হয়িচক হেক চংবদা লইমিংথোইনা কৌব্রু লাইলোংবদা নোংদম মরু শিন্নরে অদুগা খোইরিফাবদনা কাইবিরোন মরু শিন্নরে । অশুম্না লাকপনা হযি চক, হায়া চক, খুন্ন চক অমসুং লাংবচক্কী পামহৈবা সনা হাক্তক ফাওবদা কাইদনা চথরকপনি । তৌবদদি নোংদম মরুনা লাইমিং থোইগী মশক্লি, অদুগা কাইবিরোন মরুনা কোঞ্জম্লথোকপগী মশক্লি । মানা মানা শুবা পুয়াশিংশি ময়েকশু মপী ময়েক অমা অনীদি খেন্নরপ তৌনা ইরম্মি । অদুগা মানা মানা ফম্নগদবা শশু তোঙাল্লি । নোংদম মরুনা ফমগদবা শঙনা নোংদম শঙলেন, কাইবিরোন মরুনা ফম্বা শঙনা কাইবিরোন শঙলেন কৌই । অশুম্না লাকপনা নোংদম মরুদি চিংঙুগী মপাও লৌবা ঙম্মী হাইদুনা থোংনাংথাবা কৌই ।

অসুম্না মিঙ্গৌনা চথরকপশি খাগেম্বা ম্না হাক্তক ফাওবা কৌনবম্মি মরম অসিননি লৌ য়াংবা থোংনাংথাববু লৌরেম্বা খোংনাংথাবা হাইনা খংনখ্রে । থেঙ্গ্রাবুনা লৌযাম্বা থেঙ্গ্রা কৌই ঔৱানা পিরকপা মিংথোন্নি গনক থেঙ্গ্রা হাইনা খংনরিবশি । থেঙ্গ্রবু থোংনাংথাবনা মরু মচা হাইনা পাওশানৈ । থোইদোক হেন্দোক্লা থেঙ্গ্রা খোংনাংথাবা অনিগী মতমদা লৈবাক অসিগী থৌদোক ৱাথোক তোইনা থোকপনা লৈবাক্লা তৌইনা অনিগী মিংবু তানরি শোন্নরি । খাগেম্বা ফম্বাল তোংবা নংনবা মাইচৌ মচাশিং খরশু থোরক্তুনা থৌখনবা য়াওরবনি লাক্লিবা মচাশিংবু লাই কনা কনানা ওনবনো করি করি থবক থৌপুগে হাইবনো হংবিরগা মাগী মাগী শিন্থা পিখিবগা লোইননা হন্নফমশু তাকপিখি । শান্তদাশগী মতম পামহৈবগী মতমদা নোংদম শঙলেনবু পণ্ডিত লোইশঙ, মাইচৌবু পণ্ডিত হাইনা মখোয়নশু খংবদা খুৎলোইনবা হাইদুনা কৌখিবনি ।

মাইচৌ লাংওন পণ্ডিত লাংওন লাইরিক অসি ঐনা খম্নুং ইঙাল লৈশাবা পুয়াবু অশুম শিঞ্জরকপদা থেঙ্গ্রানা পাওশাখিবা নিংথৌ অমদি মিয়ান মচাশিংনা খংখিনি হাইদুনা লোন ফোং ওইনা পাম্থে পাওরৌগুম লিরোন পাওশানা হাইখিববু অইবা পুয়াদা  পারকপদা থেংনবদগী ঐগী ওঝা লৈখিদ্রবা বিরহরি খেইস্নাম লৈকাই, উরিবোক্তা লৈবিরম্বদা হংজবদা মাইচৌ লাংওন কৌবা লইরিক মচা অসি য়েংউ হাইদুনা পীবিবদগী শিঞ্জহৌবনি মপুং ফানা রাহন্থোকশু নৈনহৌদ্রে মতম্না খুয়ৌনখিবনা পাম্মুঙবা লাইরিক পুয়া অসিবু মোংবীজাম প্রাফুল্লো (তোম্বা) না লৈবাকশিগী ইচিল ইনাওশিংদা খরা মখৈ কান্নগনি করিগুম্বা খরদি মমি তাগনি খন্দুনা ফোংদোকপশিমক থোইদোক হেন্দোক্লা মমল নাইদ্রবা মিংচৎনি।

অমদি আর, এম, প্রেসকী ইয়াম্বা কোন্থৌজম রঘুমনি সিংহ অমদি প্রেসকী থবক পুবিরিবাশিংনা থল্লাই য়াওনা কন্না হোৎবদুনা তেল্লবা মতম খরদা লাইরিক অসি পুথোকপা ঙমজবগীদমক্তা হন্না হন্না থাগৎচরি। লাইরিক অসি ছপা নম্বদা অরান অহুই, অশোই অঙাম, চিংথবা নানথখিবা পুন্নমক ভাকপিয়্ হাইদুনা হন্না হন্না নোল্লুকচরি।

ইম্ফাল ১৮/৬/২০০৭

**নোংল্লকচরিবা**

এল: মংলেম মৈতৈ

লাইরেঞ্জম ওরাং লৈকাই

মেকোলা বাজার

মরু থেঙ্গ্নানা কংলাগী উরেপ উয়ুং যত্রবু মফম অসিদা হুন্দুনা লৈতাবা উমাই চুমশ্লবদি সনাগী থম্বাল অমা যত্রাগী পুংমাইদা শাংকনি হাইবদা চরাই লোংবা নিংথৌনা "শোইদ্রবদি মরুগী কোপু সনা য়োম্বীনি হাইরুবদগী মরুবু মপুক নুংশিখরে, অহন ওইরকলবদা থেঙ্গ্না ঐবু তাদবা ব্রাহৈ তারক্লবদা ঐগী খুৎহোত্তা তাবা ব্রাবু হাইবতনি ইকোক সনা য়োম্বীনি শাৎত্রবদি চকপী উচান খাংহনগনি থেঙ্গ্না পোকপদগী তাদ্রিবা ব্রানিদা" ব্রাখন্না লৈঙম্নরোই হায়না মিৎয়েং নারে অমা য়েংদুনা ময়ুম খোঙ্গুমখি। মিৎয়েং অদুবু লম্বুবা মচা মনাইশিংনা উহৌদুনা মরুগী তুংয়িন থৌগন ওইনা ইল্লক্তুনা মরুগী লাইনিংপুং লাইজিং উয়ুং অতোপ্পী য়ৌনা ইল্লক্তুনা ১-লাঙ্গোল লুখোই, ২- ব্রাঙ্গোই খেমা, ৩- কমেং ফদিবা, ৪- লৈমরাম তেবী, ৫- ব্রাহেংবম খৈরোম্বা, ৬- নম্বোল থোংহি মাইবা, ৭- শমুরৌ চিগোন, ৮- খারম থাদোই, ৯ অন্দ্রো মাইথোন, ১০-য়ুম্লাম তোম্বা, ১১-ব্রাংমু বাজি, ১২ শেক্তা লাইবনচিংবা মরুবু পুরুম লৈপাইনা থৌহংজে । মরু মচানা মরু লৌরেম্বদি য়াওদেদা শোল্লকই। লাঙ্গোল লুখোইনা মরুগী য়াথং পুদুনা চিংঙু খোংনাং থাবা মরুগী লাইনিংপুং হৈক্রু মখোংদগী লৌরুদুনা লাইজিং উয়ুং অতোপ্পী মখোংদা মরু অনীবু ফম্মীন্নরে। মরু লৌরেম্বনা হাই, ঙসিবু মপুক তয়াং তশোইবা উইনা মদুবু নং ঐনা পুন্সি নুংশংনিংঙুবনা তাদবা তাবা, উদবা উবা থক খা ওন্নবা ওইরবনিদো মদুবু ঐনা হাইদবরা, হৌরক্লেদো অদুবু মতম খরা ব্রাৎলিদো নহাকশু পংশাও শাওবিনু লৈঙাক লৈকন্নবা নখুৎশু মফম চানা লৈথম্লমখো, অদুগা ঐবু কৌবনা করি হাইঙম্বা ? মরুবু কৌজবদি পুরুম লৈপাইজগে তৌজবনি ব্রাহৌবদি ব্রাঙমদা নচাশিং অসিবু লুতুং ব্রাঙমলোন খরদং

হংজহৌগে হাইদুনা অপংবা থেঙ্গ্রাগী নাক্তা লাকচদুনা মরুবু লৈপাইজনবা ৱাহৌবিয়ু হাইঙম্বনা খংবা ঙমদদুনা মরুবু ঐনসু লৈপাইজনিংদুনা নশু লুখোইবু মরুবু লৌহঞ্জবনি, নোংদম পাউদাক খরদংবু লুতুং পাউজেল লৈথাবিয়ু । নুংশিদা ইচাশা নখোয় খিবিক্লা নপুক লিটিন অমত্তা ওইনা লাক্লুনা করি খংঙমদবা খোংনাং থাবগী ব্রাবু তাগনি হঙ্গনি হাইবা অশি করম্নবু ঐনা মখোই খ্বাইবু কাওগবনো, মখো, নরমশু চারক্লবা ইৱা লৌবা য়ারক্লবা ঐবু ইৱা ইপাও খরবু ঙাংঙম্মু হায়বা অসিবু করি হাইনা ঙাংলগা নপুক ননিং থুঙ্গবা খংদেদো অদুবু অহল মনাক ফম্বনি হাইনা পংতা মতাশিকো ননিং থুংদ্রবশু ৱারৌ কিশি থানুকো ।

হৈয়াহে হেলিলা

১। "কে ক্রেক কে মো মো
য়াঙ্গোই শাম্বা শ্যাও শ্যাও
তোকপগা কাম্বগা কৈগা য়েনগা
নুঙ্গ য়েরুমগা চাইনবা
য়েনখোং ফত্তে চাশিল্লো
লাইগী য়েন্নি চাফদে
নোংদমগী চারি মউলিংনে
য়াঙ্গোই শাম্বা শ্যাও শ্যাও
চিংয়া পামেন অমুল হৈ
শন শেনবা নহানা চাজবা হৈ
হা মীরো রো কাংথং তাররো"

অসিনা মীরোল অহুম্বু ওন্না ওন্না লৈঙাক লৈকনগদবনি, থৌদোক ফালম খুদিংগী মীরোল অহুম হাইবদি কুমজা ১০০ চাম্মনা মীরোল অমনি ।

২। অরাং চাওগোল ইরেন্দ লৈরম্বা লাইমিং শিনখ্রে
মপাপুঙ্গী লুতোন্দা লাইমিং লাইশোন শিন্দুনা
হাক্লা মতম নুংশংদ্রে, মিৎনা উবা তান ফংলনি
মীতিঙ্গী লৈঙম্বা পরিং লংশম খিবিকপু
মাংশিদুনা ফিজেৎ চৎলম লইমিং লাইশোল হোংলগদবনে ”

৩। “নোংশা নিংথৌ কৌবনা লৈঙাক লৈপুগদবনি
মহাকথকপু অসিদা অরাংশু নোংচুপশু
লৈফাত্তুনা শাগৈ ঙাইবু লৈথানৈ,
মাগী তালোই লৌহৈবীনা পোকচরকপা
মচা কৈগী হাকন্নবদা মপা নোংশা পিববু
নোংপোক খোঙ্গ লমতানবদা
মীরম ইরম লুত্তিন লৈফমদা
অমম লৈশা তাল্লগনি ।”

৪। ‘কৈনিংথৌনা লৈফম্ববু নোংশা পিবা নাওদানা
মপুক তাথি মলোম কিশি থানারক্তুনা
মপা মচা মচিন মনাও
শকখংনদনা ব্রানা লৈঙাক লৈফম্নে,

নোংচুপ খোঙলুমদুনা মীরম লাইবু
ইরম লাই-ওইগে পুঙম্না লৈফম্নরবদা
মীরম লাইবু থাগোন্না নোংচুপ খোংশান
নারোংনা অমাং লৈশা তানফংদুনা
ইরোক লৈপুন লৈহুন্নরম্মে ।"

৫। "নোংশা নিংথৌ ময়ুমপিবা মচা
মমা শাদুং লৌহৈবীগী মচা লমহুইনা
লৈঙাক লৈপু লৈফম্লবদা
মপা মচা শকথংনদনা লৈপু থৌরিং শৈহৌরে ।"

৬। "কে কেক্রু মোইরাম কেক্রু
নচা নম্বা শঙাই নম্বা
লুবাক মখুম নাইদে
তমং খুংশা মরোন থোক্তে
কৈথেন্দা উক্রুনা কুক্রু কু হাইনা
নোংশা নিংথৌ পিবাগী হাক্তক্তা
খোংববু চগুপ চগাই ওইদুনা
সনা য়োংপী শৈহৌরে ।"

৭। "পাখংবা য়াওন কোঞ্জল্লে
মশল লাবা কোম্থিরে
ময়ুম য়ুমফম লৈপিরে,

তয়ুম লৌরমচা পুন্বা মপা মচা
খংনা লৈঙাক লৈপাল শৈহৌরে।
মনুং মতম অসিদা লৈঙাক লৈফম্বা মহাক্তো
নোংশা নিংথৌ য়াইমবা লৈকোই পিবা
শৈথিবা ৱায়েল শোইফদবা কৌএ ।
মহাকথক্তা মীরমলেনগী লাইমিংনা
মীতিন য়াকা লৈফল্লে।
তয়ুম লৌরমচাগী লাইমিং লাইশক্লা
মউ চারি থানবু লৈবাক ৱায়েন নোংদম্লা
হরাও লুতোন কানবু লৈপান্নে ।
মীওৎ লাইমিং লাইশক্লা খুন্থোং য়ুমথোংথৌপুনৈ।
বাপু লৈকন্নবদা লৈকন লৈমিং ঙমদবদগী
নোংচুপ খোংৱাই তান্দুনা মীরমলেন্দা লৈতিল্লনি ।
শামুনা ঙাইখংদবা পিবানা ঈথি লাইখিদবা কৌবনে
নোংপোক থোংহাংলক্কুনা মীরম লেন্না থৌদানা
ইরম চানা লেপ্লা লৈপুনৈ ।”

৮। “অসিগী মতুংদো
লৈনুং লোঞ্জা অরিবনা
ভু-বো চিংদা মশল্লাবা কোম্থি কোঞ্জহল্লক্কুনা
মরেপ ৱাংবা মনা ফনবা মনাতোন ৱাংবা
তাংলোই লাথুপ মরৈবু তিলুক লৈফম্লদুনা
লুতিন পরম শৈহৌনা নোংচুপ লমদগী

নোংপোক খোংলম খোংহালক্কুনা
মীতিং চৎলম য়াইমবু শৈথিনা
পীবা লোঞ্জা মরিবু অরি অনৌ
চৎলম লুতিন থৌপুনা ময়াই ওইনা
নুংঙাই য়াইফংনা লৈপুনরৈদা।
পিবা লোঞ্জা মঙাশুবনা লৈফম্লদি
অমম্না শাগৈ লক্তগী মরেপ ৱাংবা
তাংলোই লাইগী লারৈনা লৈফম লৈনিবদগী
শমাংদা মঙক তাঙমলনি ।
মশিদো উচি চি খরুং মপান থৌদেম্বা
শেমপ্রাই লাকএ ফ্রাং শৈহৌদুনা লৈফম তাক্লে ।"

৯। "মতুং তাংলোই লাথুপ লারৈনা
লৈবাক লৈঙাক থৌশিল থৌপুনা
নোংদা লাথুপ অপক মানা মিংখোংলম লৈকাদুনা
ৱাংনা খৈবা পম্লোং পনঙাকপনা
তাওবোইলাইগী তুথুপ্তা মৈরম লৈফমলুবদি
অপকমানা ৱাপুবা কৌবনে ।
মীথিক মীরৌ শকখংবা
লৈথি লৈঙাক হৈশিংবা
মমালেন মরি লৈফম্না
চৎলম থৌবু ৱায়েনবা
ময়ুম শখাই এলুপমবু

নামুং ঈতিন শৈরেংনা
লৈঙাক ব্রায়েন থৌকালম্বী শিন্থা ওইবদগী
মপা মচা খংদনা লৈফম থৌপুনদুনা
মপুক ইরাং হৌঙমদুনা মফম্লাংবু খোইদানরক্ত
লৈফম খোংলম থিঙমদুনা ময়ুম য়ুমফম লুতিন্দ
মীরমলেন্দা লৈতিন্না হুইয়েল লাংজেং শাফবা
খোঙ্গুম তুংইন লৈতিন্নরনি।

১০। মতুংদো ..........
মবুথৌ খাগেম্বা পিবানা
লাথুপ লারৈ ফালম অহুম শুবগী
ফম্বাল পন্দোম লোম্বা
লৈঙাক লৈপুন ওইনা লৈফম্লনি
মহাক্তো লৈকোই লৈথিবা পিবা কৌবনি।
মপুক ব্রাখলশু মচাওনি
চৎলম লুতিন্দি থৌথিরোই
নামুং ঈতিন্নগনি তুবি লৈয়োশু চোংঙমদুনা
ময়ুম য়ুমফম খদিংবু
শম্বন্না মনা মশিং চাবগুম
লৌফম খুদিংবু চানগদবনি।
লৈকোই পিবা মশিদো
লাকয়েন লাংদাই শৈরোইনে

মহাকথক্তা লৈবাকপু হন্না তেনা ফম ওইঙন্না
তাংঙন্না চাকহোং ঙাহোংনা লৈপান্নগনি ।

১১। কে কেক্রু অমুক শৈহৌরে
অঙৌবা লৈঙাক লৈথানদুনা
মাগী খোংলম্বু লৈতাক্লা লৈফম্লে,
কৈথেন্দা উক্রুনা কুক্রুকু খোংলনি
সনা য়োৎপী থাঙন্নশি পাউদাক্লা
লৈবাক য়েলুপমা শখাই লুখাই তাঙন্না
শগোল চেনশি লাঞ্জেনশি
মপুক ইরাং হৌননি,
য়োৎকি পোৎলোই লাইগী শমজেৎ
লাই মরোন মচিনথি থাদোই ওই
বাপু নত্তে পুরুমলোই
প্রথ্রা লুথ্রা তুনানবী
ব্রা খৎ খত্তোকলো ।
হৌঙল্লক্কুনা লুবাক মখুম নাইররোই
নচা নম্বা শঙ্গাইনম্বা শৈহৌরনি
লৈকোই লৈঙাক পিবানা
লৈফম খুদিং লৈয়েংনা
খোইয়ুম লৈথি লৈশেম লাক্কনি,
খংদনা অখংশা, হৈতনা অহে শাবনা
লোইয়িন থৌগন ওইবদগী

মশা লৈফম লৈতাক্লনি ।
অমম্বা শাগৈনা মথৌ মঙম থৌশিন্দুনা
অনৈবনা ময়াইদা, অরুবনা মতাইদা ফম্বাল্লগদবনে ।
ব্রাকোল্লো ব্রাকোল্লো চিংদগী ব্রাকোন্না
তমদা তাগে হাইঙমলে
ব্রাকোন্না কাপ্পা লিকাপ্পা
ব্রাকোন কাপনোই নোই শৈহৌরক্কনি ।
ব্রাইনুও ব্রাইনুও তমদগী ব্রাইনুনা
চিংদা কাগে হাইঙম্বা
ব্রাইনু নেম নেম নেম হাইনা তোক্লগনি ।
লাঙ্গোই লৈঙাক লৈফম্লম্বনা
নোংপোক খোঙ্গা লৈফম্বু থিঙম্না লৈফম্বদগী
নোংচুপ থোঙ্গুম্লক্কুনা ঐগী লৈফানবু পাদুনা
তুবি লৈয়োন চোংলমদ,
ফলাং লৈফম থারমদনা
অমং থরৈ খোঙ্গুম্লনি।
মহাক থক্তা নোংচুপ শাগৈ লক্তগী
নোংপোক খোঙ্গরাক্কুনা অমং লৈশা লৈতানখিবগা
কংলৈ লৈশা লৈথিন্নদুনা মশা লুতিন
মাংলেন্দা লুতিন্দ অখং অহৈ শাবনা
লৈচাইনহনবদগী লৈবাক চৈখেৎলাই শরানি ।
চগুপ মানবী থবি ফুকপী
মাইরেন ফুকপী শৈহৌরে

নোংচুপ শাগৈ অমম্বা লক্তগী
ৱায়েৎ থৌশিনবা অমগা তয়ুম লৌরম চনুগা
লিরি খ্বাংচেৎনদুনা লৌরম চনুবু
মিতিং চৎলম থৌপু লৈফম থাঙম্লগনি ।
লৈবাক মথক মকা ওন্না লৈপাল্লে,
উমংলাই মাপনমক থিয়াংলোন তাওবলোন খাকপলোন
পুম্ববু অহৈ শাবনা নুংথোং লৈহাং লৈফু ক্লুবদগী
লৈবাক অৱা মৈশা লাংলনি,
ময়ুম শকখংদা লৌরম চনুগী খিবিক্লা
ৱায়েল থৌপু লৈঙাক্লদুনা
মপা মচা খংদনা লৈপুরক্কদবনি
ময়ুম য়েনখরেনবা তরেৎপু মিৎসনাইরা চেন্না
য়ুমথোং খুদিং লৈপান্দুনা মপুক মিকপ
মীরোওখোনবু খাংঙমদনা লৈগদবনে।
অতোংবনা লৈথোম্না, অকুৎপদা লৈতৌনফম
ওইঙম্না তিনখোং লাইখোং নৌনম্না
লৈঙাক লৈপান্নববু লাইবুংধৌ মাপন্না
য়েংঙম খাংঙম্নররোই, লাইখুন্দিন
য়াকা খোংলম পাউজেল্লক্কদবনি।
লৈয়েংফমদা লৈয়েংদে, লৈহাংফমদা লৈহাংদে,
লৈথিফমদা লৈথিদে, লৈশেমফমদা লৈশেমদে,
লৈপিফমদা লৈপিদে, লৈফম ফমদা লৈফম্নদে
অদুনুঙ্গীদমক্তা লৈহাং লৈফমগে হাইদুনা

মতম অদু ব্রাহৌ ব্রারোই লাংদাই পুংদা
ইচাশ নখোই পুম্বা থোরকঙমদুনা
ফমগা য়াকা হৌঙম্লাকও
নপা ইবাঙানিবু লাক্কুনা লৈতাই
লৈফা খোংলম শিন্তাক্লগে
মতমদো নপুককিশি থানাগনু
নপুক অরং কাগনু,
নপাশু ইপাশু থোকঙম ব্রাগনি ।
সনা যোংপী চগুম মানবী
চগুপ চগাই শৈহৌরে
কোব্রা কোব্রা করি পাউনো
ময়াং পাউনে
করি পাউবু হাইঙম্বা
চাক চদুম অমত্তা চাগে চাফদে
নতুংদগীদো কনানো ? ইচানে,
ঐনা চাগে হাইবদি অদুনি,
চিংয়া পামেন অমুল হৈ,
শন শেনবনা চারম্বা হৈ,
ব্রাইনৌ তেক্তা অমুল হৈ,
হামী মীরো কাংথং তাররো
পাত্তগী থরোগা ইংখোন্দগী সনাগা
ব্রাই নৌশে ব্রাইনৌশে শর লাংমৈ শর

হো ইপু মেক্রোকপা লোইজিয়া লোইজিয়া হৌহৌ ॥
মতম অসিদো লৈকোই পিবা
ব্রাংখৈ পনশা পস্থোং শৈহৌবনা
ফলাং লৈফম থাদুনা
অমাং লৈশা তানগদবনা
অমাং খোঙ্গমখিববু কুমজা মরি শিংথেল্লরে।
পাখংবশু য়াওনা কোঞ্জল্লে
মশল লাবা কোন্থিরে
অমম্বা নোংচুপ শাগৈ লৈফম্বা লক্তগী
লাইবুংথৌ মাপনগী অমম্বা লৈফম্বু থিরক্তুনা
লৈহাংলমগী লৈপী লৈশিন্নরক্কনি ।
পাখংবনা মাগী লৈফম থিরক্লে
কৌব্রু শামুক্রবা য়াই অঙৌবনা
নোংপোক ফৈদোম চহুই শুইপোকপিদগী
খোঙ্গা অনীবু লৈকাদুনা
মাগী লৈফম্বু য়েঙ্গনি
হো নিপা কদৌরি।
ইমান্নবদি ব্রারৌ ব্রারোই
লাংদাই পুংশু থুংখরে
নংশু ঐশু চত্তুনা লাংদাই লৈকন লম্বী
থিঙল্লুশি লৈকন ব্রাঙমখিদৌরে
খোংব্রাই লৈথিল্লক্কনি ।

১৪। নোংচুপ অমম্বা শাগৈ ব্রায়েন থৌপুবনা
তাংলোইলাইগী চিংখৈ হনবা
তুথুপ ব্রাংনা খৈবা পম্ভোংদা
মীতিন য়ুমলেন থাওম্না লৈফম লৈয়েংলবনা
কাইবি লৈাথ শেহৌনে।
মতম অদু উবদা নপুক মখুম হাংদুনা
নপুক ইরু মাইতানা খুজিন খুয়া শেংওম্না
নকেক ইতুম মাইতানা নরাই লুক্রবা
নঙ্গা নঙ্গী লৈথম্লম্বা মখুৎশুবু
হান্না হান্না য়েংওমদুনা থিওমহৌখো
নিংশিলকপা লাখিনি ।

১৫। ঔ ব্রাং চাওগোন ইরেন্দ
লৈরম্বা লাইমিং শিনখীবা
শিঙেল মরাক শামফদবা তাংওম্বা নাচোম
সনানা ময়ুং কারগা মনিক্লা মফেন থাওম্বা
কংলৈ সনা লৈৰক্কী লিক্লাই য়ুন্মী ওইগদবনি ।
লাইনা মউ চারি থারম্বনা লাক্কুনা খুনগৎলো ।
ইচাশা মশিদো লৈকাই মরি ফম্বাল লৈকন ব্রানি।
কাংপোকপীদা য়াহিপ্পা খুমন তাংলোই লাই
পাখং য়ূমলৈমা য়াওনা য়াকাইদুনা লময়েংলে,
সনা কৈথেল তরা ফম্বাল লুচিংবী
ইমোইনু অহোং অচাওবী ইমানা

মিংম্না ইরা চেন্না লৈঙাক লৈকন থিঙম্না
মপারি মমোম কাইনবগী মৈশালাংবগী
তেংথা নাও য়েনদুনা নুমিৎ সিঙ্গুম
তরাগা মঙানিবু সনা লৈফম কোইজাইননা খাঙ্গনি।
মতুং নমা লৈথি লৈফাজৌ মপারি মমোম
লৈঙল্লি নশক ইশকপু উৎঙমশি ।
ইমাগী খোল্লাং থক্কুনা ইথৌ ইঙম হাপ্তুনা
নুংঙাই য়াইফা য়াংবিয়ু তানফংলম্বী লৈপাইসে ।
তুলাই মিয়াম্বা লৈতদুনা লৈহল্লকপা লাক্কনি ।
মতুংদা নোংচুপ হারমদা
থাজ ফম্বাল লুতিন্না
খাগ ব্রাঙ্গ লৈয়েংনা চোদে থাংব্রাই পাখংবা
কৌব্রু য়াফাক তম্না লৈবাক পাউজেন তাক্কনি ।
লৈবাক অনী অশি মপুক ইরাং হৌনা লৈপাল্লি ।
অঙম্বা মরাই তাহনগনি পিবা লৈশিন তানফংনৈ ।
লৈঙাক লৈকন ব্রারনি নং ঐনা লৈতাইনা
লৈঙাক লৈকন্নবা থৌপুরসি
নচা ননাওবু হৌদুনা, মরু মচা নংনা লৈকনগনি

১৬। চুক্লেন লৈথাং লৈকানরনি
তুবি লৈয়োন চোংদবা
ফালম লৈফম থাদবনা
অমম লৈশা তানখিবা কুমজা মরিগী মনুংনে ।

হা খোমদোন মৈরৌবী চেৎনা য়াল্লো।
পাখংবা লৈহাং লৈপিরে
নোংচুপ লৈফম্না নোংপোক লৈথোং হাংদুনা
লৈফাৎ খোলম ফাওবনি
নোংপোক নিংথৌ পাম্ববু লোইয়ারাকপা খোংফেন থৌবনা
নোংচুপ থোংদগী নোংপোক খোংলম শেমদুনা
খোংরাই য়াংলম লাইগী লম্বী লৈফাৎলনি ।

অসি মতুং কুমজা শিংথেক অহুম হাপ্পা
শিংথেক তরেৎ মখাইগী মনুংদা
নোংচুপ শাগৈ লক্কগী ব্রায়েন থৌকাইনদুনা
লৈফম লুতিন চাংয়েংনা লৈঙাক লৈশিন্নররে
অরিবনা অনৌববু নৌনম্মে ।
অমম্বা শাগৈ লক্কগী তয়ুম লৌরম চনু চাবু
লৌতুনবা মাগী মাগী মফমদা মখুনফমদা হন্নখিদুনা
উমং লাইনা নোঙ্গাংদনা মাইগৈথিনা চেন্নখিবগুম
নুমিৎ শিংথেক্করক্কনি
অনৌবা শোইদোকশে, অরিবা শোইজিনশে
অরিবা খুবম শৈথিনা
মপা মচা ঙাইশক খংনা
লৈঙাক লৈফম শৈথিগনি।
মহাকতো হেলাইনিংথৌ হোংনেম লৈখুঞ্জাও
নাওথিংখোং নঙ্গী অহুমশুবা শৈরোইনে ।

নঙ্গী লৈঙাক মতমদি ইপুন্সি লাকয়েন তানফংলে
নংবু ঐনা থিকনেম থাজাওবা
শেঙ্গোই লুলেম্বা লাইলোংবা হাইগে,
নংদো চিংমৈ হন্না লাল্লুম্মে,
থাংমৈ থানা লৈথিও,
অরিবনা অনৌবশু নৌমনমদুনা
কংলা মরানয়াইদা অনৌবা য়াংবী হুনগনি।
অরিবনা নৌনা খুম্থোক খুনশেমদুনা
অরিবা চৎলম শৈথিনা লৈবাক পিবা থাঙম্লে ।

মতুংদো থিকনেম থাজও লাইলোংবা
নোংদা কুমশক ১৯৫৬ শাগী কুমশিং ১৮৮৫ গী
মনুং মতমদা থোক্লগদবনি
মোরাম লাইলোংবা তাংজ নরাই লুক্না
লৈথি লৈয়েংজৌ মমিং মখা লৈপু লৈশেমগনু
খরুং মফম চাদবগুম মনুং মতম চাঙমদা
ফালম লৈফম থারমদা হা মোরাম্বা নহাক্তো
নবুথৌ নোংদালাইগী মকুম থা ১৯৬০ শাগী ১৮৮৯ দা
লৈশেম লৈথি লৈথাবশু তানফংঙে ।
লৈকন লৈঙাক সনা লমওক
লৈঙাক লৈকনজরবদি নো: কুমাং ১৯৬৮ শাং ১৮৯৭
লৈবাক লাকয়েন লাংওন লাংদাই অমা
থোক্লনি পিবা ফমশিন ব্রাথোক্লে ।

১৭ । অশি মতুংদা

নবুধৌগী কুমশিং ১৯৯২ শাগী ১৯২১ লাকয়েন্দা
লাথুপ অমা শেহৌনা লৈফম খুদিং
লৈঙাক লৈচেন লৈকাইনবা শেহৌদুনা
অমুক কোঞ্জিল্লগনি, মতুংদো
কংলা পাফন অরিবা তুবি লৈরোং শানা
শংথ লেংথনা পনশ পনঙাক্লিবা লৈনুং খাবা
তাংলোইলাইনা কোনবনে মদুবু হাইহৈদরে ।

নবুধৌ চক লোঞ্জা অহুব্বু শেহৌবা কোঞ্জন্তু থোকপা
পাবু খংবা নেংদা লাইগী ফালমদি কুমজা অশিদা লোমলে।
ইচাশ মতম অশিদো নখো ঐখোয়শু
লৈঙমগদবা ঙাক্তনি অমুক লৈখন্নদুনা
মতমদুদা হাইঙম তাকঙম্নবা ওইঙল্লশি
নোংঙান তু উঙমলে পুন্না লৈথিবা
মতম নত্তরে ইচাশা হনঙমলো ।

মরু লৈবখিবিক লৈতাক্লা নচাশিংদা
তাকখিবা অসিবু মতমদুদা থৌঙল্লগদরা ?
মরু মচা খংদেদা মপুক লুবাক মখুম হাংনা
তাঙম্না মপুক লুবাকুংদা থমঙমখিবদি
নচা অমত্তা মঙাইদা, মতমদি অখং অহৈ
শাগদবা ঙাক্তা মউইদা নচাশিং অসিনা

লৈফম খুদিংদি থোকঙমদুনা লৈহাং য়াকৈদি
মশক্লনি, অব্রাং অহৈ শাবদগী লৈঙাককদৌরিদা
মরু অদুদি কমদৌবা তারিবা ?
মরু মচা লৈচাইবদুদা নচা লুখোইদি য়াওরোইদৌরি
মাবু লৈহাং লৈথিংহনবা হাইবদুনি
লৈবাকসু লৈঙাক লৈকন্দবদি য়াদবনিনা
অদুদি মরুদি চুক্লেন মখোং অহুম্নি,
করিনো মরু মচা নংদি কদৌরগে হাইবনো ?
ঐনি নংনি মানিদনা লাইরম শঙ্গুরৈ মচু অহুম
করি মদুনংনবু হংবা লাথুপ মতম ব্রাংঙল্লি
ইপোং নাপোং লৈশিন লৈফম লৈঙমদ্রি
পিবা নাওদা ব্রাংঙল্লি, অমম্বা নোংচুপ শাগৈগী
কোব্রাক্কি পাউজেল লাকখিনি
অরিববু অনৌবনা শিল্লখিনি
মরোন মরিন তৈনবা পরিং লাংশম থারমখিনি
অদুগীদমক নত্তরা লৈঙম্মিবা অশিবু
মতম ইতম হেনঙম্না খাংঙম লৈঙম্বীবু
নথৌ নঙম লোইদুনা
মপুক ইরাং থাগনু লুতুং থৌরম লোইখিগদবনে
অদুগীদমক্তা পাউজেল ইপাও হংবদো ব্রাংলিয়ে
থবি ফুকপী মাইরেন ফকপী শৈশিন্দো
তুবি লৈয়োন চোংদরি লাথুপ ব্রারেপ থাখিনো
নপোং মশক খংঙম উঙমখো,

নুঙ অরুপ্পনা লুপখিশনু
অতাওবা লশিংনা তাওখিশনু
অরুপ্পা নুঙনা তাওঙম্বা অতাওবা লশিংনা লুপ্পবা
শোরোক্তা উঙাম থারবা মীরোন কয়া ব্রাৎঙম্বা
মদুব্রাবু করি শৈহৌবনো মনুং মতম নত্তরি
মরু মচা ব্রাঙম নুংঙাইনা খংঙম লৈঙমখো ।
ইরু মাইতারশি লাইমিং পরৈ থাঙম্বা
মালেম লৈকৎ লৈহৃন্নবা খুজিন খুয়া শেংঙম্লশি
খোংব্রাই মতম নত্রে তাইবং য়াকৈনরক্লনি
মরু মচা, লম্মুবা ঐশ্বাইশু হৌগৎলশে ।
খংজরে মরু তাকঙম্বা নয়াথং থৌকাওদনা,
লুখোই নংদি লৈরিবোইরে লুপ্রেদা
করি হংঙম তানিংঙিবা ।

মরুগী তুংইন তৌগন ওইজদুনা
হংনিংবা তানিংঙিবা হংজহৌ
তানিংবা খংনিংবা তাজ খংজনবা
ঙসিদি নং মরুগী হৈনা থৌগন ওইজরো ।
ইচাগী নিংবা থুংনবা নপা ঐবু লৈহৌগে ॥

***

# মাইচৌ লাংঙোন

হায়মগী অরোইবা হয়ি চকুগী মথংলেংনা শমথরকপনা লাংবচক্কী খাগেম্বনা পানবদা মাইচৌ ৯ থোরক্লুনা রাহোন্নবা, মখোইগী হন্নফম তাপীথিবা রানে ।

ফোংজবা :-
এম : প্রফুল্লো (তোম্বা)
থাংমৈবন্দ লাইরেন হঞ্জবা লৈকাই
ইম্ফাল ।

কে কেক্রু মুৱাং কেক্রু, নচা নম্বা শঙাইনম্বা, য়োংকী পোংলোই লাইগী শমচেং, খুবাক মখুম নাইদে, তমং কুশা মরোন থোক্তে, ইতাখোই খোইনৌখোই শগোল চেনশে লানচেনশে, কৈথেন্দ উক্রোংনা কুরুক কুরুক খোংলনি, সনা য়োংপী চগুপ মানবী চকুপ চাগাই। খ্বাই কেকু ফোং ফোং অঙাংবনা শা চিংখৎলগা তুঙ্গী লৈয়োন চোংদুনা মশল লাবা কোঞ্জিল্লনি। তয়ুম লৌরম চাশু মাগী মাগী ফলাং লৈথি লৈহন্না লৈপান থৌপুনগনি কাওগনু।

অৱাং চাওগোন ঈরেন্দ লৈরম্বা লাইমিং শিনখরে। নিংশীংলকপা লাকখিনী লাক্নুনা খুঞ্জরো। খ্বাই কে কু ফোং ফোং তুবি লৈয়োন চোং মশল লাবা কোঞ্জনথি, মেন মরি কাইদোং লৈচংনা লৈনি ফমগারগদবনে। শিনখিবা লাইমিং অসিদো সনানা ময়ুং কাবনে, মনিক্লা মফেন লাংবনে। নমা লৈমরেনগী কুয়োম লৈচু ৭ না সনাফিবান চনবনে। কংলা মরাম য়াইগী চিরা ৪ দা উরেপ উয়ুংবু তমগদবনি শিঙেন লৈরাং অশিনে। মানা উরেপ উয়ুংবু তম্মা ঔৱাং চিংলেন লৈনমুং অদু য়েংনা চিংলেন মরি

থবাক চুংকোই নালুম লেং, চিংয়াং থক্তা
লৈফম্না, অনৌববু অরিবনা নৌনম লৈতান,
অরিবন নৌনা খুন্থোক লৈশেমনদুনা নৌহৌ খুন্দরগনিদো কাওরনো, লোঞ্জা অহুমদা লাক্কে ।

চিংঙু শলাইলেন অমম্বা, ইখৈলেন লাইলৈমা তেংবানবগী ইপা-ইমানা মালেমদা লৈকুম খুন্দা হৌবদা লাইমিংবু অতিয়া মরু শিদবা, লৈশিরেন লৈপুনবী মিংহুন্না পাল্লবদা মরু শিদবা, লৈশিরেন লৈপুনবী মিংহুন্না পাল্লবদা হয়ম লাইমিং শোনববু থৌহৌ লৈথল্লগে নিংলদুনা নমু তাইবং ৭ পু মিতম শাথোকনরগা ময়ুম য়ুম্লেন কাইরেনবু লৈপি থৌরোইনদুনা নোংদম থৌদাবু লৈথারগে নিংদুনা লৈহৌ নোংহৌরকপা থৌরম্বু নিংশীং থৌপুনা, থৌরম্বু অশৈ পাওশানা অনোই শাথোক্লঙম্না শান্নগে হাইদুনা থৌরম্বু চিংঙু লাই হরাওবা থোইমা য়াম্না হরাওবা মিংহুন্না লৈহৌ পুৱাবু শাদম শাথোক্লবদা লৈবাক্কী নুংঙাই য়াইফং নোংদম্নবা অৱা অনংবু লৈকোক্লবা শংলেন ৬ পু লৈশানা থোইমা য়াম্না হরাওবগীশু থৌশিন থৌপুনবগী নোংদম শংলেন শানা লাইমিংথোই লিক্লা পুনগী মনুংদা লৈবা সনা মাহিরেন্দা শংলেন মপু লৈহাপ্তুনা পুৱারি (খম্লুং ইঙাল লৈশাবা) বু লৈশিন্নরে । ময়াথংবু থৌপুনা - নোংদম শংলেনবু লাইমিংথৌইনা পুরে ।

## কাইবিরোন শংলেন্না চিংখৈ মরুনা পুরে

৩- অমাইবা শংবু খোইরিফাবদা পীরে ।

৪- অমাইবী শংবু শনিক লাইনৌ তাবীদা পীরে ।

৫- অশৈবা শংবু পোইরৈ মোইরেং চাম্বদা পীরে ।

৬- তানয়ে শংবু ইব্রাংথেন পুংমিন্নবদা পীরে ।

১। হয়িচংঙৈদা চিংঙু নমু মিতম অহানবা কৌব্রু লাইলোংবনা নোংদম শংলেন খোংনাংথাবগী থৌবু পুরে । চিংঙু খোইরিফাবনা কাইবিরোন শংলেন পুরে ।

২। হয়া চংদা চিংঙু তাইবং মবুধিবনা (অহোংমিং থোইন) খম্লুং ইঙাল লৈশাবা পুব্রারিবু শুদুনা নোংদম শংলেন পুদুনা খোংনাংথাবগী মথৌ পুরে । কাইবিরোন শংলেনবু তরুং থোংখোং পুথিবনা পুরে ।

৩। মবুধিবগী মথংদা তরুং থোংখোং পুথিবনা খম্লুং ইঙাল লৈশাবা পুব্রারিবু শুদুনা নোংদম শংলেনগা, কাইবিরোন শংলেনগা অনীবু পুরে ।

৪। মৈতৈঙু লোক্লৌ খামেন লোকপগী মতমদা থোংখোং পুথিবগী মচা কারন লম্বুবনা নোংদম শংলেন পুদুনা পুব্রারিবু শুরে ।

৫। নুংকেং পিবা হৌচোংবনা নোংদম শংলেনগা, কাইবিরোন শংলেনগা পুদুনা পুব্রারিবু শুরে ।

৬। নুংকেং পিবনা তাইখোংঙম্বগা তাংখোং ঙম্বগা ২ দা শিন্নরমদুনা তাইখোংঙম্বনা নোংদম শংলেন পুরে, অদুগা তাংখোং ঙম্বনা কাইবিরোন শংলেন্ন পুদুনা পুব্রারিবু শুরে ।

৭। খুলেংঙম্বনা নোংদম শংলেন পুরে অদগা লমথাং ঙম্বনা কাইবিরোন শংলেন শুরে ।

৮। খুন্নচংদা মরু অনিনা মুব্রাং লমহাংঙম্বদা পুব্রারিবু শিন্নদুনা নোংদম শংলেন পুরে । ঈচাও ঈথুমদুনা লৈরবদা পোইনাওতা লাইশিদবনা কোরৌ থক্তা লৌখংকিদুনা খুন্নচক পান্দোল লোমখি ।

৯। লাংব চক্কী কুমশিং ৩১০৮ চংবদা শাফোংবা নোংদা লাইগী কুমশিং ২৬ চংবা লাংবগী মেরা থাগী ৩ নি শাগোলশেন নুমিত্তা লাইমিংথোই পোইনাওতা লাই শিদবনা কোরৌ থক্তা পুখৎখিবা খমুং ইঙাল লৈশাবা পুৱারিবু মালেমদা পুথবিরক্নুনা লৈবাক অসিগী অফ-ফত্তা য়েংনবা মতম মতমগী থৌদোক ৱাথোক কয়াশু হাপচিন্নবা কৌব্রু অশিবনা তাংঙখা মরিবা কৌনা থোরক্নুনা খোংনাং থাবা মঙম্বু পুদুনা নোংদম শংলেন পুরে। থাংজিংনা মুৱাং ললহাঙম্বা কৌনা থোরক্নুনা কাইরিরোন শংলেন শুরে।

১০। লাংব চহী কুমশিং ৩৩৭৯ নোংদালাই কুমশিং ২৭১ শজিভু থাগী ২৭ নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎকী নুংথিল পোপ্তা হুল্লকপদা চিংখৈ মরুনা খারম থাদোই কৌনা থোরক্নুনা নোংদম মরু ওইনা নোংদম শংলেন পুরে। অদুগা ৱাংব্রেন্না খোংঙাখুন তেবিপা কৌনা থোরক্নুনা কাইবিরোন শংলেন পুরে।

১১। লংব চহী কুমশিং ৩৪৯৪ নোংদালাই কুমশিং ৩৮৫ কালেনগী ৫ নি পানবা শগোলশেন নুমিত্তা চিংখৈ মরুগা, নোংচুপ মরুগা থোরক্নুনা চিংখৈ মরুগা, নোংচুপ মরুগা থোরক্নুনা চিংখৈ মরুনা লৌরেংজাম্বা কৌনা নোংদম শংলেন পুরে অদুগা নোংচুপ্না থেঙ্গ্রাইবা কৌনা কাইবিরোন শংলেন পুরে।

১২। লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৬৯ নোংদালাই কুমশিং ৫৬১ কালেনগী ৫ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা থাংজিং লোংমুজাম্বা কৌনা থোরক্নুনা নোংদম শংলেন পুরে। লোইয়া ৱাকপনা থোংঙাইবা কৌনা কাইরিবরোন শংলেন পুরে।

১৩। লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯০০ নোংদালাইকুমশিং ৭৯২

ব্রাকচিংগী ৫ নি পানবা শগোলশেন নুমিত্তা নমুমিতম্বা লাইলোংবগা, থাংজিংগা থোরক্তুনা লাইলোংবনা থিংবাইজাম্বা কৌনা নোংদম শংলেন পুরে। থাংজিংনা ব্রাইথেংঙম্বা কৌনা কাইবিরোন শংলেন পুরে।

১৪। লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৬৯ নোংদালাই কুমশিং ৯৬১ কালেন ৩ নি পানবা শগোলশেন নুমিত্তা খোইরিফাবগা খপ্লাংবগা থোরক্তুনা খোইরি ফাবনা নম্বোনবা কৌনা নোংদম শংলেন পুরে অদুগা খপ্লাংবা কৌনা ৪ নি পানবা ইরাই নুমিত্তগী শংলেন পুবা হৌরে।

১৫। লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৬৩ নোংদালাই কুমশিং ১১৫.৫ গী মনুংদা নোংপোক চিংখৈ অচিবগা নোংচুপ মরু অশিবগা অরোন লৈশিন থোরক্তুনা কালেন থাদা নোংপোক চিংখৈ মরুনা নোংমাইহনবা কৌনা নোংদম শংলেন পুরে অদুগা নোংচপি অশিবনা থেংগ্রুংবা কৌনা কাইবিরোন শংলেন পুরে।

১৬। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৪৫১ নোংদালাই কুমশিং ১৩৪১ হিয়াংগৈ থাগী ১০ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা পনমনিংথৌ নোংপোক্কা, মারহনবগা থোরকই। নোংপোক্কা থাংহিংনাইবা কৌনা নোংদম শংলেন পুরে অদুগা মারহনবনা লৌয়াম্বা কৌনা কাইবিরোন শংলেন পুরে।

১৭। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৫৬৭ নোংদালাই কুমশিং ১৪৫৯ শজিভু থাগী ১৫ নি পানবা শগোলেশেন নুমিত্তা খোঙ্গা মচি থেনবগা, ঔব্রাংখুন্দা অহানবগা থোরক্তুনা খোঙ্গা মচি থেনবনা লৌরাংজাম্বা কৌদুনা নোংদম শংলেন পুরে অদুগা ঔব্রাং খুন্দা অহানবনা থাঙ্গজাম্বা কৌদুনা কাইবিরোন শংলেন পুরে।

১৮। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৬৭৬ নোংদালাই কুমশিং ১৫৬৮ শজিবু ১৫ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা কৌব্রুগা থাংজিংগা থোরক্তুনা কৌব্রুনা খোংনাংথাবা ওইদুনা নোংদম শংলেন পুরে অদুগা থাংজিনা থেঙ্গ্রা কৌনা কাইবিরোন শংলেন পুরে । মাইচৌ খোংনাংথাবা লৌয়াংবা, থেঙ্গ্রা মাইচৌ মরু মচা অনীগী মথংদা লাংবচঙ্গী মরুলোন শংলেন মপু লোম্লে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৬৯৮ নোংদালাই কুমশিং ১৫৯০ চৈথাবা থৌদাম মিংশাঙ্গী কুমগী মনুং ফাইরেন নিলমাং ৭ নি পানবা লৈবাক পোকপা নুমিত্তগী হৌনা মৈতৈঙু পীবাগী ময়থৌবু খাগেম্বনা থৌপুবা উবদা চিরা ৮ দা লৈবা চিংঙু পুম্বনা হরাওবগা লোইননা মৈতৈঙুগী য়াইফ থৌপুশি ৱাতান্নে । লাং: কুমশিং ৪৬৯৯ নো: কুমশিং ১৫৯১ চৈথাবা কোংখাম নাথানা পুবদা নোংদম শংলেন পুবা খোংনাং থাবনা নোদম্মী । মৈতৈঙু খাগেম্বা কংলৈ পিবাবু ফম্বাল তোংদুনা পিবারেন ওইহৌদবা য়াদরে , মরু মচা লৈবাক অসিবু কুমজা অসিদগী শাবাও লানবাওনা নাকোং ৱাই চিনবা ওইদৌরি, লৈথিবশু য়াওরোইদৌরি শাথোরক্লবশু কদৌবা ঙমখিদবা নুমিৎ থাবু য়েংনা মৈতৈঙুবু ফম্বাল তোংনবা তৌহনহৌরশি মরু মচামক লৈনা লৈনা থোকপা হানখ্রবদি মৈতৈঙুবু মিথা কমদৌনা পোলহনগনি । মরু নয়াথংবু থৌয়েংজগনি অদুবু মরুনা নুমিৎ অসিদা নোংদম্বিরগা লোইরে, অদুবু শঙ্গী মথৌবু থৌয়েং লৈখাকপিদুনা নোংদম্বীরবনিনা থৌদাদি থৌপুজগে ৱাখুম্না থৌয়েংলে । ইস: অসিননিদনা ঐনা ৱাহৌদবনা থৌহেনখ্রনি খোইশাওবত্তুনা মরুনা ৱাহৌবনিনা । নুমিত্তি লৈবু লৈশিল্লক্ত্রে কোরৌ (৩) দা মঙাইরে । মরু অয়োন লংজা পুমবা লৈকনবিও, নুমিৎ থাজা

অশিবু মতুংদসু শাথোক্লবদি ময়াওগনি অদুবু শাহৌ লালহৌ শাথোক্কলবনা খজিক হাল্লগদবগুম থোকঙম্মি, হৌজিক হিয়াঙ্গে ১৫ নি পানবা নিংথৌকাবশু ঙসি থোকখ্রে । অদুবু মতুং থাজ ১৭ নি পানবা য়ুমশকৈশা অসিবু নুমিত্তি নকপদি নকখ্রে অদুবু মরু ? মরু মচা নথৌ ইথৌ নত্তবরা থৌনংনবা থৌঙম্লগা থৌরোইরে কনানা থৌপুনরনি, হৌজিক লৈবাক তুনা চিংঙু লাই খোইয়ুম তাইবংশু তাহন্নবা পাওজেল্লোদনা । মরু নয়াথং, ব্রাখুম্না কাইবিরোন শংলেন অকা মচাশিংবু য়াঙ্গোই তোংদুনা চীংবুরোই তম্বুরোই থুংনা নুংথিল পোপ্তা চাইথবা ফাওবা পাওজেল্লে । পাওজেলবু মথং মথং পাওথাংনদুনা তাদবা খংদবা খংনরে ।

পাওজেল তাবদা লাইবুংথৌ ৯ না ব্রানা খন্নরে, নখোই ঐখোইদি য়াইফ নোংদম্বু তেংবঙ্গনি ব্রাতেম্নরগা শাথোক্লবদি থৌপুহৌদরে মৈতৈঙু খাগেম্বগী ফম্বাল তোংলনি পাওজেল্লে হৌজিকপু খোইয়ুম তাইবং মপোক্তা শাথোকপদি থৌনংবশু থৌঙম্লরোই অদুনদি ফম্বাল নুমিৎ অশিদা থৌপু থৌঙম থৌয়াবরা তাইবং পাখং ওইনা ফম্বাল লৈকুম্লমদাইগী লৈনি থৌনি লৈলাংবা ওইনা মৈতৈঙুগী থৌগনবু মরু অনিগী তুংইন থৌগন ওইরশি নৌহৌ ব্রাতেম্নদুনা ফম্বাল কৌরৌ হিয়াঙ্গে থাজ ১৭ নি পানবা য়ুমশাকৈশা নুমিৎকী অয়ুক নুমিৎনা ব্রাতোন লোম্বা মতমদা লাইবুংথৌ ৯ বু লাথুপ লারৈ থাঙম্লা খোইয়ুম তাইবং পাখং ওইনা শাথোক্লদুনা তাইবংলক্তা ফম্লরে ।

মরু লৌয়াংবা খোংনাংথাবা মরু মচা থেঙ্গ্রা লৌয়াংবগা মরু অনিনা তান্নদুনা কাংলৈপিবা মৈতৈঙু খাগেম্বা য়াইফনবা থৌপুবদা থৌঙম্নবদা থৌয়েংনা ইরাৎ পুরুম থৌনিনা পিবালেনগী কংলৈ নুংকোৎপী সনা

থম্বাল ফমলেন ফম্বাল তোংববু লোইরদুনা মরু অনিনা পিবলেনগী লৈমা শিনাই ফমলেন ৭ পু মিংহুন লৈরাংনা লৈমরেনগা পিবারেনগা অনিবু ফম্বান্দগী লৌথনবা লৈকৎ লৈরাংনরকপা মতমদা লাইবুংথৌ ৯ বু মথং মথং চংলক্কুনা লৈরাংববু থৌয়াওনা মরু অনীগী তুংইনগুম্না লৈঙম্লে। থৌরম্বু খোংনাংথাবনা খংদুনা তরাম তরাম ওক্কুনা লৈকুম থৌরম্বু য়াইফা নোংমনা ফমলেন্দগী লৌথদুনা কংলৈগী ব্রায়েন কুচ শংলেন্দা ফম্বাল লাংঙম্না মৈতৈঙুনা লৈবাক্কী য়াইফ পাওশারে। লৈবাক য়াইফ নোংদম পাওশাবু থৌবোই রাতেম থৌপুনা মৈতৈঙুগা লৈমরেনগা শংলেন্দা ফমদৌনা সনা থৌগম্না লেংশিনখ্রে।

## লাইবুংথৌ ৯, মাইচৌ ৯ , শাথোকপা

মরু লৌরেম্বা খোংনাংথাবা নোংদম শংলেন পুবনা তাইবং শাথোক্ল বা ৯ বু নুংশি খোইজংনা মরুগী নোংদম শংলেন্দা মরু অনিনা মাংথানা পুশিল্লক্লে। খোংনাংথাবা মরুনা ইশানৌ পারি শেনবা নখোইবু লুম্লাং করিবু থৌগন থৌকারকপা, মিংলেন্না করি থাকৌনবা, লৈফম কদাইদা লৈপানবা, কমদৌনা ইতম্বু খোংব্রাই অমত্তা ওইনা থৌকারকপনো ?

১। নমু মিতম্বা লাইলোংবনা, মরু ঐদি থেঙ্গুং চীংদা লৈপান খুদারম্বা, কুরুম চীংদা লৈফম্বা লাঙ্গোন লুখোই কৌবা মরু অনীগী তুংইন থৌগনবু পামজদুনা মৈতৈঙু ফম্বাল লৈহুনবু থৌয়েংজবা ওইনা থৌকাজবনি। উম খংলে পারি নংদো। ইশানৌ পারি শেম্বা নখোইদি ?

২। পাখংবা চিরোন পাওশাবনা, মরু নচা ঐদি শামুরৌ চিংগোং কৌই। নপ্পলেম্বা শংলেনগী থৌরম্বু মরু ২ না লৈরিঙৈদা থৌরম্

শিন্দম্বা খরদং খংজহৌববু পামজদুনা ফম্বালবু থৌনাংহৌনবা লৈকা ইহুন্না মরুগী থৌগনবু চংজবনি । উম খংলে।

৩। চিংঙা চীংদা থৌপুবা চিংঙুবা থাংজিংনা মরু নচা ঐদো নিংথৌজাম্বা কিয়াম্বা কৌএ । হকশেং কাংলম অমাইবগী থৌরম্বু শিন্দমজগে থৌখম্বু পামজদুনা খোংকারকপনি ।

৪। খা মৈরম চিংঙু য়োৎপোকপা খপ্লাং পনশবনা মরু ঐদো লৈফম খংদনা কোইচাই লৈঙম্লবনা লৈফম্বু পল্লেপ পাওশাবু ব্রাকৎপদা থৌঙমজদে, ঐদি খাহীং খাবী কৌবনি । মরুনা শংলেন লৈফম্বীরিঙৈদা অমাই ইরোন ইতাওবু খজিক তাম্লিংদুনা ফম্বালবু থৌগন নংনবা থৌগন লাংজবনি ।

৫। চিংঙু খা লোক্লিংথৌ মরু নচা ঐদি লৈশাং খোমা অশৈবা হায়বদো নচানি । অশৈ পরম্বু মপুং ফানা শিন্দমজগে হায়দুনা ফম্বাল থৌগনবু থৌনংনবা মরুবু থৌগন লাংজবনি । খংঙে অতৈনা কমদৌবা

৬। ব্রাংব্রেন পাংখংবনা মরু নচাদি হিরু হিরেন শংলেনগী থৌরম্বু খংজনিংদুনা থৌকা থৌগঞ্জবনি । ব্রাংমু বাজি থোংহিমাইবা হায়বদো মরু নচানি ।

৭। খোইয়ুম লোইয়ারাকপগী মশাক্লা, মরু নচা ঐদি কমেং ফদিবা কৌই । কাইবিরোন শংলেনগী মথৌবু থৌখংজনিংদুনা মরুগী থৌগন লৈকাজবনি ।

৮। চিংঙু মারজিংগী মশাক্লা, মরু নচা ঐদো য়ুম্লাম তোম্বা তেৌীপা কৌই । মরুনা নোংদম শংলেন লৈপুরিঙৈদা নপফবা অমাই কাংলম্বু খজিক শিন্দমজনিংদুনা খোইয়ুম তাইবংনা অনা অয়েক্কী চৈবিনা অব্রা কোকহনববু শিন্দমজগে চংজরকপনি । খংঙে পারি শেনবা নংনা কদৌবা ?

৯।নোংচুপ মরু অশিবগী মশাক্লা শন্থোং পুংমাবনা, মরু নচা ঐদো ৱাহেংবা খৈরোম্বা কৌএ। ইথৌবু খোইজংবা তাইবং মশাকপু শেমঙৈদা চিংঙু খুৎহৈবা পুম্বগা তান্নদুনা পলেমগী পিবুক্লুংদা অশোই অঙাম লৈতনা অদুক নিংথিনা শেম শারকপা খোইয়ুম তাইবংগী হক অশিবু ইপাল্লাংদা শাথোক্লগা লম্মখাংদা মরি মতাং নুংশিৎ নুংহুম মৈ, ঈশিঙ্গী পরম্বু, থৌকাইরকপানা খোইয়ুম তাইবং ইপোকপু অৱা লৈখম তানহন্দুনা লৈপান্নহনবশিংবু থৌকোক্লবা লায়না মশক খংনা পাওশা পাওতাকপিনবা লৈথল্লিবা শংলেন নোংখাই নোংদম মবি লিশাবা) কৌবা শংলেনগী মথৌ মঙম্বু লৈখং থৌপুংনবা মরু অনীনা নোংদম লৈঙৈদা খরাদংদি লৈখংজহৌগে লৈকাজনকপনি।

উম থৌরমদি মশুরক্লে অয়েৎ হিকাই তোকঙা শাথোক্লিঙৈদ লৈবাক্কী য়াইফা নোংদম্বু থমহৌদবা য়াদে হাইদুনা (১) মবি লিশাব নোংখাই শংলেন (২) নপাল লেম্বা শংলেন (৩) নপফবা শংলেন (৪) অশৈবা শংলেন (৫) হিরু হিননাইবা শংলেন (৬) অমাইবী শংলেন (৭) অমাইবা শংলেনবু নৌহৌনা অমুক মরুন মৈতৈঙুন ৱাথংনদুনা চিংঙু মানা মানা পাম্ববু থৌয়েংনা থৌপিদুনা শংলেন শংলেনগী হাপ্পা লৈবাক য়াইফ নোংদম্নবা থমলে। অঙোম কোবি শাথোকপা মৈতৈঙু পাইখোম্বনা পানবগী মনুং লাঃ কুমশিং ৪৭৭৯ নোঃ কুমশিং ১৬৭১ চৈথারোন ১৯৫ শুবা চৈথাবা শোইবম খম্বগী কুম মিয়ানশিঙ্গী চৎন কুমশিং শকাব্দ ১৬০০ চংবগী কালেন থা ৮ নি পনবা য়ুমশকৈশা নুমিৎকি অয়ুক য়ুংথক খানবা মতমদা সনা কৈথেল তোকঙা খোংপুবা তোকঙা লাই চৈথেৎপীনা তাইবং মপোক্তা লাথুপ লারৈ শাথোক্লা নোংদম শংলেন্দ খোংচং লক্তুনা মরু খোংনাংথাবগী

মফমদা ৱাহোল্লরে। মরু শংলেনগী চৎনরম্বু ঐঙোন্দা শিন্তাকপিরম্মু ঐশু থৌরম্বু থৌপুবা য়াওজরগে। পারি নংদি কনানো কদাইদা লৈবা ? মরু ঐদি মিরমলেন্দদী থাদরি লৈবদি খ্বাই তোকঙাখোং সনা কৈথেন্দগী লাকচবনি। ঈস নক্লবু থাপ্লরেদা পারি নংনা নপুক্তা থল্লিবা থৌরম শৈরেং অদুদি লংজ অয়োন ঙাক্তনি থাদোক উ নপুক ইশেং মাইতানা পাৎচা শলাই খাইরুখো ননুং ইতম ৱাৎলি পারি লৈহল্লো শাওগনুকো। নোংদম্বু তাবদা কাইবিরেন শংলেন্দা লাক্তুনা চংলক্লে। মরুনা খংলে, ঈস ইতম অসিবু কৌরবরা ৱাৎল। অশুম্না মরুনা খল্লিঙৈদা মন থেঙ্গ্রাবু পুকমজবি। অঙাং কোবী লৈনিনবা করি পাওশা লৈবা ? নোংদম শংলেন্দা পাওশাববু থৌয়াবিদে। মরুদা অমুক্তংদি ৱাথং চাংয়েংজগে চংজলনি। চুম্মী অঙাং কোবী লৈনিনবা নংদি নমিং নখা পাৎচা শলাই লৈখাদ, নপুক ইশেং মাইতাদনা চংলূবননিদে, নংবু খংহন্নিংদুনা নথৌ থৌপুগে নিংলিক থৌরম্বু খাঙক লৈশোক্লা ঐনা নংবু কৌবী লৈনিনবা মিংহুন পাওশাবনিদে। নপুক ৱাবু মরুনা খংদুনা নিংশিংবিবগী মতম খরবু নপুক ৱাখনবু ইশেং মাইতাবিদুনা নোংদম্বীরনি ননুং নতম্বু ৱাংলি, নপুক লুম্লাংবু অমম্বা লংজ ৱাখনবু শময়ান লমজিংনা নঙম ইহৌ শাথোক্লরিবা কুমজা থাজা খরদং নপুক লুম্লাং ইশেংনা পাৎচা শলাই খাইনা লৈঙম্লরগা লৈকারকউ লৈবা খিবিক পাওশানশে। পাওশা নোংদম্বু তানফংবদা মতম খবা কোইচাইনা লৈরুরগা ময়ুম্বু অঙৌ পাম্বা য়ুমদা শাইদাংনা লৈঙম্লে। লাইমিংবু অঙৌ পাম্বা কোবী লৈনিনবা কৌনা লৈঙম্লে। মতুংদা অঙোম কোপী কৌনা শাথোক্লরে। মৈতৈঙু চরাইলোংবগী সনা হাক্তত্তা মমিংবু অঙোম কোবী কৌদুনা মাইব শংলেন্দা লৈচং থৌগন থৌহৌনা চিংরোন ৱায়েন

পাওশা থৌলিংনা মাগী খজিক নুংঙাইনবা থৌহৌরে ।

লা: ৪৮৪৭ নোং ১৭৬৯ চৈথাবা হৈশ্লাম খোংঙমগী কুমদা মতম লোইরে খন্নদুনা মাগী মাগী হন্নফমদা হন্নহৌরশি নখোই ঐখোয়গী ইৱা পংলৌ লৌনররোই । মরুগী ৱা তাবদা মাইচৌশিংশু চুম্মি হায়নদুনা মরুগী তুংইন্নদুনা হন্নখ্রে ।

১। থোংহিমাইবনা ঐদি নম্বোল হৈবী মখোংদা চৎলগে । উনবদি ঔৱাং কংলা কমপাৎ উকোন্দা উনশি । লৈকা লৈথোকফমদি মরুগী থৌগন ওইদুনা ৱাহৌ ৱারোই লাংদাই পুংদা খোঙ্গা ফম্বাল লাংনা মরুগী পাওতাক তাঙম্না থৌপুনবা ওইনশি ।

২। শমুরৌ চিঙ্গোংনা হিয়াংথাং লাইকোন চীং হৈক্রু মখোদা হনখ্রে ।

৩। যুম্নাম তোম্বনা তেরা কৈথেল তেরা অঙৌবদা হনখ্রে ।

৪। কমেং ফদিবদি মাল্লং হৈবীদা য়াথোকপদি ইরোই শেম্বা মকোই খোঙ্গা ইরেন্দা ওইনা চৎখি ।

৫। ৱাংমু বাজিদি মরুগী কুমমৈ য়েংনি হাইদুনা লোক্লওবুং হিরিমখোংদা লৈখি।

৬। খেমা নংদি লংথবাল তেরা অঙৌবদা হনঙম্মু ।

৭। ৱাংমু নংদি লাইকোন্নুং উয়ুং অতোপ্পীদা লৈঙম্মু, ।

৮। লুখোই নংদি লাঙ্গোল হৈরি শংনা লৈঙম্মু ।

# লাইমিং লাইয়েক লৈঙাক্লোন

তাইবং পানবগী মপুরেন শিদবগী স্নাহকচাংগী মঙান ওইরিবা লৈফম খুদিংবু শিন্থুংনা লৈঙম্মিবা লৈনুং তাওরোইলাইনা সনা হকচাংবু তুবি লৈরোং শানা লৈফম খুদিংদা লৈথম লৈ পুবা পরম, লৈঙাক লৈক্লোন, লাংদাই থৌওং পাওজেন পাওদাকপা পরমগী পুয়া

## কাইবিরোন
## লৈঙাক লৈকল্লোন পুয়া

তাইবং পানবা মপু নোংদম মপুরেন শিদবগী সনা হকচাংগী লৈওং ভুথুপ লৈফম লাইমিং পরম পাওজেন পাওশা

য়েংহৈদে ফাকহৈদে লাইয়েক খংদ্রবদি মী ঙাওয়ে, থৌওই থৌশাদ্রবশু মী মাংবা ওইনৈএ নঙ্গী ঐগী ইশক্লে ।

১।মরুগী হকচাং লাইয়াৎ হাইগে কংলৈ ফম্বান অরিবা তুবি লাইয়েক শংথলেমথবা ব্রানে ।

হকচাংদি -ও-ল-চিনা কোকওই । ক-না হকচাং ওই । হ-না ফিলন ওই । শ-না মখোক ওই । অ-না মিংওই । ভ-না খুৎ ওই । ঙ-না খোংওই । অমুক শাইওন অমদা ও-ন-চিনা কোক ওই । হ-না মিং ওই । ল-না হকচাং ওই । ষ-না নিংশা ওই । ঙ্ক-না ফিলান ওই । আন্দ্রা শিদবদি লাংয়েন ৭ তা পাল্লে । মদুদি মিৎ ২, নাতোন ২, নাকোং ২, য়ানে অশিদা পাল্লে ।

খৌজেংনা উন্দ্রানি । খৌনা শনাথোংনি । য়েৎ থংবা নানা পাওদাক হিদেন্নি । ওই থংবনা নোংহুম শংনি । মরৈনা লাংশংনি । নাতোন ২ না মংলেন লুফৌপুংনি । লুখম্না কুচু ব্রায়েন ফমনি । হকচাংনা য়ুমজাওনি । মকোকনা কংলনি । মরৈনা কাংপোকপিনে । মশক অসি তাওরোইলাই মরু পাখংবদগী থোক্লে নশক খংনা লৈশাও ।

## ২ অমশু হাইগে তাও

ময়ানা শনাথোংনি, লাইবক্লা কুচনে । খোংশাবিনা কংলৈ পুংমাইয়োন কংলানে । থবাক্লা য়ামনোক্লা কংলা চৎলমনে । লিকুপ মোন্না খা খোং , লাইখোং অনিমক্লে । খৌনাওনা য়াবিরোক্লে । কমখোংনা কমবোংপুংনে । মিৎনা ঙাক্রা- নুঙ্গোইবিগী পাৎনে । মিখুন্না ঙয়ান্নে । নখাংনা হকচাং অয়াং শিংথা ফমনে । নাতোন্না শামু থোংনি । নাকোং অনিনা তাইবং থোংনে । খোইদৌনা কংলা পুংজাও ২ নে । খোম ২ না নহারুপ, অহল্লুপ ২ নে । লুখমনা চৌপূপুংনে লুখম অতোংবনা কৌব্রু চিংনে । লব্রাই লেমফুনা শোরারেন অমম্বনে ।

পীশুন্না সনাচিংনে । লাইবক্লা নোংপোক্লে । পীশুন্না শনা মহিনে । নাতোন মথক্লা থাংজিংনে । লাংয়েন্না য়াংবি শিদবনে । লৈতোন্না তাওরোই লাইনে । য়াৎফমদি লৈমরেনে।

মরম অসি করিশু হাইগনু লৈথিও হে মিওইবা ঙসি শিগদববু শিদবা ঙম্মে নবুথৌবু লৈখংল.বদি ।

## ৩ পরম অমা অমুক হাইগে

লাইরেন য়াংবি খুদোন পান য়ুমজাও কংলা তুবা লাইদি শম্থোং লাই খুদোন্না খুরাই খুবম থৌখিএ । কংলা পাফন অরিবা তুবি লৈরোং শানা শংথবা লেমথবা কৌবদি অশিনে ।

মথানা- ঙায়ান্নি । হকচাংনা য়ুমজাওনি । থবক্লা কংলা চৎলম্মি । চিরক্লা ফমদোং ফম্মি । শেন্দি- লুতোংফম্মি । মিৎনা নুঙ্গোইবিদা লৈবা পাৎনি । নাকোংনা খাবুং লাইবুংনি । উফোংপাৎ, পুংকাইপাৎ ২ নি । নাতোন ২ না শোরোক থোং, নুপী থোং ২ মক্লি । খয়াৎনা লুচাম ফম্মি । নখাংনা অয়াংশিংথা ফম্মি । না মতোন্না খোংশং নিংথেম ফম্বান তোংফম্মি । ময়ানা লুব্রাং নোংফং পুংনি । মরৈনা নোংমৈ কাপ্পা লোইশঙ্গী পাৎনি । লৈতোন্না কাংপোকপী পাৎনি । খুমাং অমনা কোল্লেমা য়ৌনা লৈ খুমাং অমনা চৌপৃং পুং য়ৌনা লৈ শমদোংনু পাৎ য়ৌনা লৈ । মচি ৯ পানবনা মচি ৫ বু অতিয়া মরু শিদবনা ফুক্তোক্লে । মচি অমনা - ফুঙ্গ মখোং অহুম ওইনৈ । মচি ১ না য়ুন্বীরেন ওইনৈ । মচি ১ না চিরোংলেন ঙাং ঙাং অতিয়া মরু শিদবগী মখুৎশু ওইনৈ । অমদি ব্রাঙ্গোন ইকোমদা থুপ্লা থমলে । অমদি লানশংদা থুপ্লা থমলে । লাইয়াম্না নিদুনা মরুনা ফুকপা মচি ৫ বু অশুন্না য়েন্দুনা থমলে । মরিদি চাইদুনা লৈখি

মফম খংদ্রবদি মী মাংবা লৈবাক লৈবাক পুম্বা অৱা লৈখম তানফংলৈ
মীকপ মীরাওখোন্না লৈখন্নে খংঙম্লবদি লৈবাক্কী অৱা লৈকন্নে, ফম্নাই
ফমথোন লৈহাপ্লে খাংও তরং লৈসনা লৈতোনশি কংলৈ পনশাব
লৈঙাক লৈকনবা কৌবদি অশিনি খংও ।

## ৪ লাংওন লাংদাই পাওশা ৱাবু হাইগে

নোংদাইলাই কুমশিং ১৭৩৮ শকাব্দ ১৬৬৭ চৈথাবা শনাশম
মাইচৌগী কুমদা শংলেন মপু লৌয়াংবনা কুবিএ ইচাশা কুমদা ২১৩
কি মনুং মতম লাকপদা লৈহাং লৈফুক লৈরৌ লৈমেন হৈশিংবদগী
লৈবাক খুদিংদা মীকপ মীরাওখোন্না য়ুমথোংশিন্না লৈপান্নদুনা লৈরোন
নোংলোন ৯ দগী য়ৈখাই লাই পুম্বনা খোঙ্গরক্তুনা তিল্লু ফম্বাল ওইনদুন
খাম্বী মৈহৌ ইচাওবগুম্না মীশি মীনা তানফং খোংলম লাক্কদৌরি
লৈবাক লৈকন্নবা মাইগৈ শুংদাই মরিবু চিংবা পল্লোন চিংবা পল্লোন
৯ বু লৈথিং পনঙাক্লা লৈঙাক লাইবু লৈথম্মিবা অশি কাওগন
নিংশিংনৌ, মতম অদুদা লৈঙাক লাইশু লৈররোই অরি পোৎথি হৈবন
লৈফুক লৈহাংখ্রদবনি অহৈ অশিং তানফং য়াংলম ৱারগনি । অহৈ
শাবা কাংলুপশু মতিক ঙমদাই চাদবনা উনশউ ররেই, তানা তানা
তাররোই চগুপ মানবী চগুপ চাগাই তারনি ।

মরু থেঙ্গ্নানা হংঙি - মরু মদুদি মরম করিদগী থোকপনো লৈঙাক
লৈকনবু মরৈত্রবরা ? মরু মচা লৈবদি মরৈনি খরা ৱানা লৈঙম্মিদ
চৎলম ঈতিন নামুংবা, লুবাক মখুম নাইদবদগী তয়ুম লৌরম চনু চানা
পিবা ফমলেন থানা ৱায়েন থৌপুনবদগী মচা মচা শকখং
নাইখংনদবদগী, অমম্বা শাগৈ পুম্বনা লাইবুংথৌ ৯, থিয়াংলোন ৯ বু

লাইখোং তিন খোং লাইনম্বদগী তিনশেং লাইশেং পরম থৌরম থৌথিদবদগী থোক্লগদবা লাংওন্নি । লৈমুৎ লৈতাকপা লুতিন্নি, কৌব্রু শামু মাইয়োক্নবা য়াই অঙৌবনা নোংপোলমদগী খোংদারদুনা চাওহুই শুইপোকপীদা লৈঙম্না খোঙ্গা মরিরকশু পাওদাক লমগদবনে । পরম্বু খংনা শেয়েংঙু লৈকন লৈঙাক য়ংলমদি মপুগী লাইমিং পরৈনা লৈঙাক লৈকন তমগনি । লৈফমদি কংলৈ মেনফম মরি, মাইগৈ চুপলেন মরিবু লৈফম খুদিং লৈমরোন কুয়োম ৭ লৈফম্না থেমনৌনা লৈকন লৈঙাক্লবদি লৈবাক লৈফম পম্বা মীকপ মীরাও লৈমুৎ মীশি শেনফৈএ লেমজবনা তানফংনৈ লৈমুৎপদি য়াঙমদে, শোঞ্জবদি ময়াররোই লৈমাং লৈমুৎ হনখিবনা রাঙমজবা য়াংলম্মি ।

মতুংদি কমদৌবা মরু ? মরু মচা নঙ্গী লাইয়েকপু শৈথিবগনিদনা।

মতুংদি কমদৌবা মরু ? মনুং মতম অসিদা লাইরকতনবু শৈথিবা চৎলম লুতিন পানঙাকপা তয়ুম য়াঙ্গোই শম্বা অমা লাক্কনি । মানা লুচিং শএম্মি ওইদুনা নোংলেন থেন অহানবা লৈপী লৈশাবা পুংবু শৈথিনা লৈশেম লৈঙাকলাই থেন অহনবু নাওথেম থাকৌ খোংব্রাই খোংলক্কুনা লৈপীরৈমা লৈশোক্না থাকৌ খাগোন্না ব্রারেপ নোংখ্রং থারনি । কাচিন খুবম য়াংলম তান্না খোঙ্গা খোঙ্গুম ইহুন তমথনা পনম য়াংলম লিথৎনা, লৈহৌ, ঔর্ব্রাং লাঙ্গোন চিঙ্গোন লৈহুন লৈফাওনদুনা, তখেন লৈফম নৌনমদুনা নোংলেন ঔব্রাং চিংখৈ লিফানা ঔব্রাং নোংপোক শুংদাই লাল্লুম চিংখৈ খোঙ্গুম খোঙ্গাবা মানিদনা, লৈঙাক লৈকন লৈফম থৌবুগদবদে । শৈহৌবা নুমিত্তো তয়ুম লাংওন মশক মানা থেন অহনবগী লৈপী লৈশা হেক পাইবদা তুবি তাংলোইনাই, লৈপী লৈশৌ রৈমা অনিশি অনম তুমগুন মিকপ লিহুন তান্দুনা পাখংবা

য়াওনা য়াকাইদুনা মশল্লাবা কোনথি কোঞ্জিল্লক্নে । নোংপোক থোংহাংবা অমম্বা ময়ুম লাক্তগী ময়াই য়াংদোং শাবনা লাইবুংথৌ ৯ মক্কি তাওবলোন থিয়াংলোনবু লৈথিরদুনা নিশেং তমদুনা তয়ুম লৌরম চনু চানা মপা মচা খংনদনা চৎলম লুতিন ৱায়েন থৌপুববু খংঙল্লক্তুনা মাগী মাগী মফমলাংদা হনঙমখিদুনা লৈঙল্লগদবনি ।

অদুগী মতুংদা লৈতা নোংতাখ্রবা শাগেনা তুবি ময়োন চোং ফলাং চোংলবদা মৈতৈ - (মীতিং) অরিববু হন্না লেপ্লা চৎকদবনে । অনৌববু অরিবনা নৌনমদুনা অরিবনা কংলৈ উরেপ তম্না নৌনা খুখোক খুনশেল্লগদবনে । শৈরোই লৈথিং লৈঙাক হাক্লগু লুনা লৈবনে য়েখইলাই অমদি লৈথুপ্লা লৈবনে, নিপায়া তিলু লুতিন থাঙম্না মাইগৈ শুংদাই মরি নোংলোন লৈরোনদগী খোঙ্গা ইহুন তল্লক্কদবনি ।

## ৫ লৈঙাক্লোন হংবা

মদুদি মরু করম লৈঙাক লৈথিঙ্গবনো ? মরু মচা নংনা খংনা খংনা ঐঙোন্দা হংঙিদকো নচা ননাই ওইবশিংনা ঐগী পাওশা য়ানিং তানিংদববু মরু মচানা তাঙল্লি হাইদুনা তাঙম্বিনবা হাইবগী তক্লা লৈতক ৱাহংলিদা । মরুগী ৱা তাবদা লুখোইনা মিৎলাং ইরা চেন্না লৈপাইনা পাওশা লিথুপ পরম্বু হংঙমজদুনা থৌনিনৈ । মরু মচা লুখোই নচাগী মপুক লুবাকপু ইমা + ইচোন্না লৈহাপ লৈথল্লমগে হাইবদো লৈ থল্লো মহাইরগে তারো ।

১। পারি লুখোই পাওরৌ পাওশা লৈপাম্বা (মরবুং অহনবা) দি কংলৈ লৈকাবুংনি ।

২। য়ৌরবুংদি লৈথুং লৈরোই পুংনি ।

৩। মিংথোই পুং (নিংথৌপুং) দি অথোই লৈচাও পুংনি ।

৪। নোং মৈপুংদি নোংলেম চিঙ্গী মিকু চিংফম্নী নোংলেন নুংশাংবা য়াদ পাওতাক নংবা লৈফম্নি ।

৫। কৈবুংদি খোইয়ুম চীঙ্গী মিকু থানবা পুংনি । শদান নুংদান পাওজেন্নবা পুংনি ।

৬। চিংঙা পুংদি শুকমু খানা থেঙ্গ্রমচিংঙ্গী মিকুফমম্নি ।

৭। পীশুম পুংদি থাংহিং ঙাংঙোইচিঙ্গী মিকু থাফম্নি ।

৮। লাংদাই পুংদি ৱাহৌ ৱরোই নোংখ্রং পুংনি ।

৯। োকঙা পুংদি অহে শাবা পাওজেন ৱাহৌফম্নী ।

১০। তোক্ল পুংদি লৈখাম লৈঙাক পুংনি ।

১১। চৈখেৎ পুংদি নমথবা পুংনি ।

১২। ললহাংপুংদি কুরুমচিং থেঙ্গ্রম চিং অনিবু মিকু থানা পুংনি । য়েক্লা লানপাও পাওতাক পুংনি ।

১৩। শিনশুবুংদি তাইবং খোয়ুম শিংহাপ শিংথাফম্নি ।

১৪। ফৈদা পুংদি অচাও অরোই লৈয়েং পুংনি ।

১৫। ৱাংথোন পুংদি অৱা লৈখম পোথফম্নি ।

১৬। খোংঙাকপুংদি অমং খোঙ্গ য়াং লম পুংনি ।

১৭। মকোই পুংদি খম্লুং ৱাখন নুংঙোনবা পুংনি ।

১৮। মপা পুংদি থৱাই লৈঙাক লৈদা লৈখাম্বা পুংনি ।

## মেনফম পুং কংলোইয়া ৯ হাইগে

কংলোইয়া পুংমাইয়োন্দা পুংলেন ১০৮ (চাম্মগা নিপান) লৈবনে । কংলোইয়ান কোনবা মনুং অকোইবা চিংবা পনশা ৯ (মাপন) মাইগৈ

৪ শুংদাই ৪ মনুং অকোইবা অশিদা পুং ৫৯৯ (চামঙা মরিফু তরা মাপন লৈবনি) । পুং অপুনবনা ৭০৭ (চত্রেৎ কা তরেৎ) নি । পুং খুদিংমক মাগী মাগী মথৌ মঙম লৈবনি । পরম থৌরম খংনা থৌঙম শিন্থানগনি । মঙম লৈবা ঙাক্তনি ।

**মেনফম হাইগে :-** খ্বাই য়াইমবা (লাইলোংবা হাহিং অশনবা) য়াইমবগী লাইমিংবু শাও কৌই । খ্বাই য়াইমবগী লুমেনবু তোংবদি পাবু খংবা পাখংবনা তোংই । লাইমিংবু মুবা কৌয়াই তোম্বা কৌই । ইমালোন ৭ না ফিবান ওইনা লৈঙম্মি । মিংলেন লাইমিংদি লিকপা কাও য়াই থংবা কৌই । মেনফমদি কৌব্রু অচিবগী ফম্বান্নে । পাখংবগী চুক্লেন অমনি । লৈবাক শেম্বা লাইবুংথৌ ১৪ না ঙাক্লি ।

পুংদি ৪ নি । অমদি (অশিবা পুং ব্রাংথোনপুং, মকোই পুং, খোংঙাক পুংনি । অমদি মপাপুং কৌবনে । (ঔব্রাং চৎলবদি হামেঙ্গী ঈনা লাৎলু )

খুৎলাই তোঙ্গানবা থৌব্রাই কৌনবা পুংলেন্দি লাইমিং মনিনোং কৌই । নোংপোক অশিবা চিংখৈ মরু শিদবগী মেনফম্নি । মেনবু তোংবদি পাখংবা মরুনা তোংঙি । চিংখৈমরু শিদবগী ফম্বান ব্রানে । মার্জিং লাইবুংথৌ ২০ গা লাইনিংথৌ মার্জিং অহনবনা ঙাক্লিবা কোনুংনে । ওংশানা ওংলৌরেন কৌই ।

**ব্রাংনা খৈনবা পুংলেন্দী :-** ব্রাংনা খৈনা লাইমিংবু ব্রাইরোক কৌই মেনফম্বু ব্রাইরোক পুং মাইতেম কৌই । মেনবু তোংবদি পাখংবনা তোংই । লাইমিংদি ঙাকপা কাওচি হোংনিপা কৌই । ব্রাংব্রেনগী ফম্বান্নী, পা-খংবগী চুক অমনি । ওং শাহিংলেন চাকাবা কৌই । মখা চৎলবদি ষন্দঙ্গী ঈনা পীও ।

**য়াইখুলি ফম্বান্দি :-** য়াইখুলি লাইমিংবু লেশাও হিংনপাফা কৌএ। মেনফমগী লাইমিংবু পিজাতি মোইমিৎ কাওলাংয়েন কৌএ। মেনবু তোংবদি পা-খংবনা তোংই। থাংজিং মরু শিদবগী ফম্বান ৱানি। থাংজিঙ্গী লাইবুংথৌ ১৭ না ঙাক্লিবা অথুপ্পা ৱানি। পাংখংবগী চুক অমনি। য়োক্তিং কংরিং শংতে মৈরেকপা হাংসে কৌবনী নোংচুপ চংলবদি ইরোই অঙৌবগী ঈনা পীগনি।

**খঙ্গদবা :-** খ্বাই পুংদি কৌব্রু শরোই ১৪ না ঙাক্লি লুচিংবনা লাইলোংবা হাহিং অশনবা কৌই। ঔৱাং চংলবদা হামেঙ্গী ঈ পিও। চাবা মনিং তম্মী

খুরাই পুংদি মার্জিঙ্গী শরোই ২০ না ঙাক্লি। লুচিংবনা ওসনা ওংলৌরেন কৌই।

ৱাংখৈ পুংদি ৱাংব্রেনগী শরোই ২০ না ঙাক্লি। লুচিংবনা ওং শাহিংলেন চাকাবা কৌই। মখা চংলবদি যন্দঙ্গী ঈ পীও।

য়াইস্কুল পুংদি থাংজিঙ্গী শরোই ২০ না ঙাক্লি। লুচিংনা য়োক্তিং কাংরিং সংতে মৈরিকপা হাংশে কৌই। নোংচুপ চংলবদি ইরোই অঙৌবগী ঈ পীও।

মালেম চিথেক ৪ হাইবদি অশিনি খঙ্ঙু পাংনা হাইহৈদে। পাখংবগী খোং ২ খুৎ২ হাইবা ৪ গী মশক্লি। অমা কাইবদা নবুথৌগী হকচাং কাইরবনি। কাইহৈদে কাইরবদি লৈবাক অৱাবা মীশি মীনা, অঙম্বা ফমশিনবা, লৈবাক ইরাং ইশৌ কনবা, শাফম লানফম কনবা শোইদনা তানফংবনি। কাইফদে পরম খংনা লৈথম্মু শোকফদে। মৈতৈ পিবা ফম্বান তোংবা খিবিক্তা লৈকাই ৪ গী পিবনা মিংলেনবু নিংশিংনা ইরু মাইতাবগী ঈশেং ঈহৈবদা ঈহৈবা য়াওগনি। লৈবাক লৈবাক লৈবাক্লা

অৱা লৈখম তান ফংলবদা লৈকন লৈঙাক লৈথিং লৈফম ওইরিবা মেনফম্মি ।

## ৭ কংলৈ পুংমাইয়োন লৈকাই ৪ বু তুনা পুবা লাইমিং

কংলৈ পুংমাইয়োননা কংলা পাফন অরিবা তুবি লৈরোং শাংথ লেমথবা তরং লৈম্না লৈতোনশি কংলৈ কংলা পনশাবা কৌই । লৈবাক্কী লাইমিংবু কং কৌই । নোংলোনগী লাইমিংবু কোং কোই । মরুগী লৈঙাক লৈকন্নবা ফাংখোঙ্গী লাইমিংবু হিম্না মনিক তপশেংবা পুবেম্না কোই । লাইম্নাগী লাইমিংবু অচিবী অচিবা কৌই ।

৮ মাইগৈ ৪ লৈঙাক লৈফম্বা

পাখংবা লাথুপ মরি

১।কৌব্রু পাখংবগী লাইমিং ওং হাইচিংপা হাং ফাহিং কৌই । লাইমিং ৩২৪ নুমিৎ ৭ নি ।

২। থাংজিং পাখংবগী লাইমিং ওংউই ফ্রাংচিং থং শ্রোং কৌই । লাইমিং ৩২৪ নুমিৎ ৭ নি ।

৩। ৱাংব্রেন পাখংবগী লাইমিং ওম হিংক্রকফা হিংক্রক কংফা কৌই । লাইমিং ৩২৪ নুমিৎ ৭ নি ।

৪। মাজিং পাখংবগী লাইমিং ওুং কৃং সংতে হিংতে কৌই । লাইমিং ৩২৪ নুমিৎ ৭ নি (ফমদুনা কৌগনি ) ।

কৌব্রুগী লাইমিং ওময়ে মিংলেমসনা নোংতরেংবা তিংনুং রেম্বা, হৈকৎ লৈকৎ লাইমিংনে ।

থাংজিং ওম য়োক্তিং কাংরিং সংতে মৈরিকপা হংসে, হৈকৎ লৈকৎ লৈহুন্নে ।

ৱাংব্রেনগী য়াও তোং হাং হুং ঙ-ও হেং কপ, হৈকৎ লৈকৎ লৈহুন্নি ।

মাজিঙ্গী রি রি ওইস্না পারি সেংবা কোন্দে মরিক, রিং ওইসনা পারি সোপা কেন্দে মরিক কৌই হৈকৎ লৈকৎ লৈহুন্নী ।

নোংপোক লাইগী লাইমিং-মিত্তোং রেংবা কৌই ।

চিংখৈ মরুগী লাইমিং মিহিং, উং স্যোং হাই হাই কৌই ।

৯ চিংবু লৈপাইবা লৈফা লৈমিং

১। কৌবু চিং লাইলোংবা হা হিংঅশনবা হৈকৎ লৈকত্তি হুই অঙৌবা অথুবা অহাও । কৌব্রু মাইগৈদা চৎলবদি নুংফান্দা ইবোই অঙৌবগী ঈ হৈও ।

উংলৌ য়াইবিরেন শিদবগী ওুং লৈহিং ফা লৈফা ওএ ।।

১। অতিয়া শিদবগী লাইমিং ওুং সনা খমলে খাং ।।

১। লৈশিরেনগী লাইমিং ম্না মুহেনু নো সনা মনিক

২। লাইমিং থোই অসিশবগী ওম হে মৈচিক মুং শনা তুরিকপা

৩। পাখংবা মরু কোঞ্জিংন্তুথোকপা ওম লৈ নোং থাং তরেপ্পা চাতেং ।

সনা খোংনাং লৈমগী অউম সোরোৎপী শিনখোম্বী ।

থাংজিং চিঙ্গী লাইমিং শাতোনবা লৈয়োল্লাং তরাংবা । কৎপদি য়েন ওক কি ঈ । কৎপদা কোন কুপ ফেৎ ফেৎ ৫ রক হাইগনি । মাইগৈশিদা চৎপদি নুংফান্দা ওক শন্দং মপুং তাংবগী ঈ হৈত্ত । ৱাংব্রেন চিং শুকমুগী অংয়ং তকুপ তরেংবা । লাৎপদি য়েন অমুবগী ঈনা লাৎকনি ।

৪। মাজির্ং চিংগী ওম ফোং ফোং হাই হাই (অহুম্লক হাইগনি। লাৎপদি ঙানু অঙৌবা , শগোল অঙৌবনা লাৎকনি ।

৫। মৈরমগী লাইমিং ওমহোরিক ওম হোরিক । লাৎপদি ইরেই অঙৌবনা ।

৬। চিংমৈরোং মপা চিঙ্গী লাইমিং তনৌ সনা তানখৎপিও । লাৎপদি হুইনা লাৎলু

৭। লৈকোই লমদাইবা লাইমিং ওমস্কীংওম স্কীং । সনা কোনয়াই থানা কৎলু ।

৮। হাওবু তাইনবা ফাৎলৌদা নাপন শ নকোন্না পাল্লি । লাইমিংথোই কৌবরেনগী নাওফম লৈ লাইমিংবু (র-র-হ-র-হ) কৌই । মফম অশিদা ঈ হৈদুনা লাৎলু । অদূগা ব্রাহে হাইরগা খুবাক অহুম্লক খুও । নুংশা মনমতনা নমপোকপা লৈকাই ফৌশুখোন্তনা খুৎ পোকপা শিত্ত ।

১১ থাংজিং উনবা ঙম্বা

(চেং মচং ৫, তিংথৌ মপোক ৫, থাওমৈ ১ ফিরান ১, হৈরুক পানা য়াওনা শগোলশেন নুমিত্তা মী চিক্লবা মতমদা লইমিং ৩২ ৪ রক শোল্লু। হুং হিং নুরৈ শেং, কুং কিং মো নুংনিং মোহুংমো ।

***